# বেসিক শিক্ষা



এডুকেশন ডিপার্টমেণ্ট,
মণিপুর এডমিনিষ্ট্রেশনগী কোংবা।

১৯৬০

inted at ... বর! PRINTING WORKS, Imphal/5,000/19-1-60.

# বেসিক শিক্ষা



**বেসিক শিক্ষাগী শল্লপ্পা ইতিহাসঃ**—বেসিক শিক্ষাবু হৌদোকপিরম্বা মহাত্মা গান্ধীবু মশক খংদবা ওসি কনা য়াওরিবগে? লৈবাক্কী মপু ওইবিরম্বা গান্ধীজীনা হিংলিঙৈগী মনুংদা জাতি অমম্নং লৈবাক্কী ওইবা হিরম খুদিংমক্তা ভারতমচাশিংবু লমজিংবিরম্মী। রাজনীতিগী মরমদস্তু য়েংবিয়ু, পৈশা-মুংশাগা মরি লৈনবা ৱাফমদস্তু য়েংবিয়ু, সমাজ অমসুং ধর্ম্মগা মরি লৈনবা হিরম কয়ামুক্তস্তু য়েংবিয়ু— মহাক্না নৈনখিদবা করম্বা ৱাফম য়াওখিবগে? চুম্না নৈনরগতা তোকখিবস্তু নত্তে; বিষয় খুদিংমক্তা মশাগী মত কয়া পিত্না থবক চংথখিবা ঙাকনি। অসুম্না তুংদা মতিক চাবা ভারতকী নাগরিক ওইরক্কদোরিবা মুপামচা অমসুং নুপীমচাশিংগী মহৈ-মশিং তম্বগী মরমদস্তু মহাত্মা গান্ধীনা নিংথিনা নৈনবিখি। নৈনরগা অমসুং চাং য়েংলগা থোরকপা ফল অদুগী মমিংনা **'বেসিক শিক্ষা'** হায়না কৌই। মরম অসিদগী মী অয়াম্বনা মত অমতা ওইনা হায়নরি মতুদি বেসিক শিক্ষা হায়বা অসি গান্ধীজীনা ভারতকীদমক্তা পিবিরম্বা ইরোই লোয়বা বরনি।

খৃষ্টাব্দ ১৯৩৭ কী জুলাই থাদা মহাত্মা গান্ধীনা 'হরিজন' হায়না কৌবা চেফোং অমদা ময়েক শেংনা ইবিখি –"ঐগী মত মতুং ইন্না হায়রবদি অঙাং অমস্তুং মী অমগী হকচাং, পুকনিং অমদি আত্মাদা লৈরিবা খ্বাইদগী হেন্না ফবা শরুক অতু চাং মাল্লনা মপান্দা চিংথোকপগী থবক অতুবু শিক্ষা কৌই। ময়েক চৎপা হায়বদি ইবা-পাবা তম্নগা শিক্ষা ফংলে হায়বা য়াদে; ময়েক চংপা হায়বসিদি শিক্ষাগী অতোবস্তু নত্তে অতুগা অরোইবস্তু নত্তে।" অসিগী মতুং থা অনিরোম লৈরগা মহাত্মা গান্ধীনা সভাপতি ওইদুনা তৌজিক বোম্বেগী মনুং চনবা ৱার্দ্ধা হায়বা লম অসিদা লৈবাক্কী মহৈ তম্বগী মরমদা খল্লনবা অতোপা সভা অমা ফমখি। সভা অসিনা ভারতকী নুপামচা অমসুং নুপীমচা-শিংবু শোয়দনমক চহি তরেং চুপনা পৈশা তিংহন্দনা লাইরিক তমহনগদৌবনি অমসুং লাইরিক তম্বিবগী থবকনা মমা লোন্দা চৎথবিগদবনি হায়বনচিংবা মতমগা চুনরবা ৱাফম কয়মুক লেপ্পখি। হায়রিবা সভা অসিনা ওজা শাহুনা অচংশিংবু লাইরিক তম্বিবদি ওইথোক্কবা অমা ওইবনা মপুং ফানা থবক চৎথনবা হায়দুনা অতোপ্পা কমিটি অমা শেমখি। জাকির হুসেন্না সভাপতি ওই হায়দুনা কমিটি অসিগী মমিংবু 'জাকির হুসেন কমিটি' হায়না খংনৈ। খৃষ্টাব্দ ১৯৩৮ গী মার্চ থাদা কমিটি অসিগী মপুং ফাবা রিপোর্ট অমা থোকখি—অসিগুম্বা শিক্ষাগী মরমদা ফোংখিবা রিপোর্ট অসিবু মহাত্মা বেসিক এডুকেশন হায়না মশক খংনৈ মরমদি বেসিক শিক্ষাগী মরু ওইবা ৱাযম খুদিংমক রিপোর্ট অসিদা লৈনখি। অসিনি বেসিক এডুকেশনগী য়াম্না শম্না ইতিহাস হায়ববু।

**বেসিক শিক্ষা হায়বসি করিনো ঃ**—হৌজিক্কী মতমদা মী অয়াম্বনা বেসিক শিক্ষা হায়বা অসি য়ামদ্রবদা মমিং কাওবদি তানরে। মশক মুপ্না খংবগী রাকমদি অতোপ্পনি। ঐখোয়না পাম্বদি মমিং তাবগা লোয়ননা মশকস্থু মুপ্না খংবিবা হায়বা অসিনি। অদুবু কনা কনাগুম্বা মীশকনদি 'বেসিক শিক্ষা' হায়বা অসিবু লাই-তিনগুম খনবস্থু মপ্পাওরি। মী খরনা অমুক হায়—মহাত্মা গান্ধীনা পুথোক্লম্বা শিক্ষাগী মওং অসি খংবদস্থু রাবা অদুগা থবক ওইনা চংথবদস্থু য়াম্না লুবা পোংশক অমনি। অংশংনা খল্লুরবদি বেসিক শিক্ষাগী মরমদা অরোনবা অমস্থুং মশক খংবদা য়াম্না রানিংডাই ওইবা থোইদোকপা রাসম করিস্থু য়াওদে। রাইগী অর্থ মতুং ইন্না য়েংলগনা বেসিক এডুকেশন হায়বা অসি মী খুদিংমক্কী পুন্সিদা চংদ্রবা য়াদ্রবা পোংশক অমনি হায়না ইরাই লায়না লৌবা য়াই। অমরোমদা হায়রগনা প্রাইমারী এডুকেশনগী খরা হেন্না মপুং ফাবা অমস্থুং অফবা মওং অদুবু বেসিক শিক্ষা কৌই হায়না খুমদোকপদস্থু থোইনা অকায়বা লৈতে। মরমদি মমাংডৈদগীনা ভসি ফাওবা চংথরকলিবা প্রাইমারী এডুকেশনগী মওং অসি ফজ্রে হায়দুনা গান্ধীজীগী অনৌবা শিক্ষাগী মওং অসিনা শিনবা তাদুনা লৈরিবনি।

জাকির হুসেন কমিটিগী রিপোর্টতা বেসিক শিক্ষা হায়বা অসি মপুং ফানা নৈনখ্রবনি, অসিগী মথক্তা কমিটি কয়ামরুমনা মসিগী মরমদা শন্দোকনা অমদি মচা খাইনা কয়াস্থু তাকখ্রবনি। হায়রিবা শিক্ষাগী মওং অসিনা মরম ওইদুনা ভারতকী মহৈ মশিং তম্বিবগী থবক অসিদা অনৌবা অমস্থুং অচৌবা অহোংবা অমা পুরকদৌরি।

অঙাং খুদিংমকপু য়ামদ্রবদা চহি তরেৎ চুপ্পা লাইরিক তমহনসি; লাইরিক তম্বগী থবকনা মশা-মশাগী মমালোন্দা চৎথসি অদুগা য়ারবদি লাইরিক তম্বগা লোয়ন-লোয়ননা খুৎনা তৌবা থবক অমস্থু য়াওহনসি হায়বা ৱাফম অসিদা মীশিংগী মমুংদা থোইদোকপা মত খেন্নবা য়াওদে। হায়রিবা অসি খংবদসু অরুবা ৱাফম অমা ওইদে। মতসু থোইদোকপা খেন্ননিঙাই ওইদবা অমসুং খংবদসু থোইনা ৱানিংঙাই লৈতবা মথক্তা উখ্রিনা ৱাফম অসিনা বেসিক এডুকেশন হায়বা অদু শারিবনি।

বেসিক শিক্ষা নত্রগা বুনিয়াদী শিক্ষা হায়বা অসিগী মরমদা খংনিঙাই ওইবা ৱাফম খরা মথাদা উৎলি :—

( ১ ) মহাত্মা গান্ধীনা মশাগী ওইনা খংখিবা অমসুং ময়ামদসু খংহনখিবা বেসিক শিক্ষা হায়বা অসি মরু ওইনা মীওইবগী পুন্সিগা য়াম্না মরি লৈনৈ। অমরোমদা হায়রগা হিংবগী থবক্তা লোয়ননা মহৈ তম্বা হায়বনি। হায়রিবা শিক্ষাগী মওং অসিদা মীবু ওৎ-নৈবা অমসুং হিংসাগী থবক করি অমতা য়াওদে। অনৌবা সমাজগী মওং অমা পুরকনবা হোৎনবা হায়বা অসি শিক্ষা প্রণালী অসিগী মরু ওইবা মথৌ অমনি। হৌজিক্কী সমাজ অসিদা য়েংবদা মুঙাইতবা অমসুং অকায়বা থবক কয়ামরুম ঐখোয়না ইতৎ-তত্তনা উবা ফংলি। অমগা অমগা মুংশিনদে, অচৌবনা মচাবু নমথগে হায়বগী ৱাখল তৌই, ইনাকখুনবা মীনা লায়রবা মীবু উশিত্তবগী মিৎয়েংনা য়েংই। কলম পায়হনা থবক শুরিবা মীনা খুৎনা থবক নোমহনা চাবা কাংবুবু তুকচবগী মিংয়েংনা য়েংলি। অসিগুম্বা ময়াম অসিদগী

সমাজগী মনুংদা মুংশিনদবা অমসুং হিংসাগী থবক কয়ামরুম থোরক-লিবনি। অরানবা ময়াম অসি কোকনবগী উপায়না বেসিক শিক্ষানা ওইরিবনি হায়বসিদা থোইনা অরানবা লৈতে। বেসিক শিক্ষা ফংলবা মীশিংনা খুৎনা নোম্বা থবকপু লেমজনিঙাইনি হায়না খল্লি। ঈশ্বরনা পিবিরম্বা খোং-খুৎপু মতিক চানা শিজিন্নদুনা কান্নবা থবক তৌবা হায়বা অসিদা অতোংবা নত্তনা অমাংবা করিসু লৈতে। কনাগুম্বা মীশকনা খোং-খুৎকী থবক্তি থোইদোকপা য়াওদনা মাথাগী থবক ঙাক্তা তৌদুনা চাগনি হায়বা অসি য়াম্না অরানবা অমনি। অরানবা অমা ওইবতা নত্তনা হায়রিবা ব্রাখল অসিদগী সমাজ অমসুং লৈবাক্কী মফমদসু অকায়বা কয়ামরুম থোরকই হায়বা অসি মী খুদিংনা খংনরিবনি। মসি পুন্নমক উদুনা গান্ধীজীনা অনৌবা শিক্ষাগী মওং অমা পুথোকখিবনি। সমাজগী শেমগৎ-শাগৎপা অমসুং কান্নগদবা ওইবা অদুগা মুপা মচা অমসুং মুপী মচা খুদিংনা জাতি, ধর্ম্ম অমসুং কাংলুপকী পুকচেল থাদোক্নুনা তৌগদবা থবক কয়া-মরুম্না বেসিক শিক্ষাগী য়ুম্ফম ওইরিবনি।

(২) মরম অসিদগী বেসিক শিক্ষাবু মীনা পান্নবা মওংদা চৎথবা হায়বা অসিনা হায়রিবা শিক্ষা অসিগী মরু ওইবা শরুক্নি। ফিবম অমসুং মতমগা চূননা থবক কয়া পাংথোক্নুনা লাইরিক তম্বা হায়বা অসিনা অঙাংশিংবু মতিক চানা জ্ঞান লৈহল্লি অদুগা লমচৎ অমসুং মশাগী মীওং শেম্বদসু য়াম্না তেংবাংই। অদুদগী সমাজগী কান্নগদবা থবক্তা অঙাংশিংনা মশানা পুক্নিং চংবা অমসুং অপাম্বা হায়বা অদু ওইরকই। খুৎনা তৌবা থবক হায়বা অসিগী নাকল খুদিংমক্তা

কান্নফম ওইনা মরম কয়াস্ত লৈ। করিগুম্বা থবক অমবু নিংথিনা মশক খংনা চৎথগে হায়রবদি মিং, খুৎ অমস্তুং বুদ্ধি অহুম্মক মপুং ফানা শিজিন্নদবা য়াদে। মরম অসিনা মিং অমস্তুং খুৎকী মতিক চাবা ট্রেনিংস্তু ফংবা ঙমই অতুগা পুক্নিং-লৌশিংস্ত চাওখৎহৌই। অসিদা নত্তনা খুৎকী থবক্তগী থোরকপা পোৎ কয়ামরুম অতুস্তু মশানা কান্নতুনা অতুম লৈজরবনি। পোৎথোকশিং অতু য়োম্থোক্লগা অশিৎপা মমল অতুনা অঙাংশিংগী কান্নগদবা থবক্তা শিজিন্নবা য়াই। শম্না হায়রবদা স্কুলগী ফিজেং লাংবদা, অঙাংগী চরা ৱানবগী থবক্তা অমস্তুং স্কুলগী পোংচং কয়ামুক্তা শিজিন্নবস্তু য়াই।

( ৩ ) বেসিক শিক্ষাগী মনুংদা মরু ওইনা লৈরিবা খুৎকী থবক হায়বদি উ-শুবা, ফুরিং তুবা, মনা মশিং, হৈ-লৈ থাবগা লোয়নননা লৌ-উবগী থবক, লং নাইবগা লোয়নননা ফি শাবা, ফুরিৎ তুবা অমস্তুং লৈখোমগী থবক হায়বা অসিগী মরমদা তোঙান-তোঙানবা ৱাখল অমদি মত খেন্নবা কয়ামুক উবা ফংই। মরম অসিনা মথক্তা উৎখ্রিবা খুৎকী থবকশিং অসিনা করি পুরকনবা হোৎনগদৌরিবনো হায়বসি নিংথিনা খংবা দরকার ওই। কনাগুম্বা মী খরগী মত্তা লাইরিক তম্বিবদা খুৎকী থবক য়াওরিবা অসি অতৈ করিগীস্তু নত্তে, অঙাংশিংবু উ-শুবা মী, ফুরিৎ তুবা অমস্তুং লৌমী ওইহনগে হায়বগী দমক্তনি। হায়রিবা ৱাফম অসিদি লানবতা নত্তনা মাঙনবগী মচাক অমস্তু ওই। অঙাংশিংবু মতিক চাবা শিক্ষা পিবা মতমদা খুৎকী থবক্তগী য়ারিবমথৈ মতেং লৌসি হায়বদনি। ঐখোয়না মতম লৈবা থিবিক্তা অঙাংশিংবু মতিক চাবা অমস্তুং অকবা মখলগী শিক্ষা

পিগদোবনি হায়বা ৱাফম অসি নিংশিংগদবনি ; ৱাখল অসি হেক থাদোকপা মুমিৎ অতুদগী মীৱা তাবা ফংগনি হায়বদা করি অমতা লান্দে।

অঙাংশিংবু মরম খুদিংদা চাওখৎহন্নবা হোৎনবা হায়বা অসি বেসিক শিক্ষাগী মরু ওইবা থবক ওইনা লৈরিবনি। অসুম্না মরম খুদিংদা চাওখৎহনবগী থবক অসিদা খুৎকী থবক অমা তৌদুনা করিগুম্বা খরদং পুথোক্লবা হোৎনবা হায়বা অসিনসু য়াম্না তেংবাংই। মরম অসিদগী বেসিক স্কুল অমদগী থোরক্লদোরিবা পোং খুদিংমক অফবা মখলগী ওইহন্নস, মীনা পামনহনসি হায়না লাক্লরিবনি। পোৎথোক ফহনসি হায়দুনা অঙাংশিংবু মতৈ তম্বিবগী মরু ওইবা থবক অদুবু নাকন্দা থৈদোক্লুনা থম্বদি চুমদে।

(৪) বেসিক স্কুলগী মন্নুংদা থমগদোরিবা থবক খনবা মতমদা য়াম্না চেকশিনবা তাই। খুৎকী থবকনি হায়দুনা অমা হেক থমজিল্লসি হায়রবদি অকায়বা কয়ামুক লাকপা য়াই। মফম অমদি মতমগা চানদবা খুৎকী থবক অমা হেক হাপচিনবা য়াবা নত্তে। বেসিক স্কুল অদুনা লৈরিবা মফম অদুগী দরকার অমসুং মওং মতৌনচিংবা মুন্না য়েংদবা য়াদে। লম অদুগী মীনা পামগদবা অদুগা দরকারসু লৈ হায়না লৌবা য়াবা থবক অদু হোদোকলবদি কান্নবা কয়ামুক ফংগনি। উ মরাং কায়না ফংবা মফমদা লৈবা বেসিক স্কুলশিংদা উ শুবগী থবক হোদোকপা শোয়দনা কান্নগনি, মরমদি উ শুবগী মচাক ওইগদোরিবা উ হায়বা অদু মরাং কায়না লৈরে। অসিগুম্না ৱা য়াম্না হৌবা মফমদা বেসিক স্কুল অমা লৈরবদি

থুমোক শাবা, থৌরি শাবা অমদি ফক শাবনচিংবগী থবক অমা হৌদোকপা য়াই। অস্মুম হায়না চৎথরবদি বেসিক স্কুলগী অকোয়বদা লৈরিবা ফিবম অদুগা মরি লৈনহনবা হায়বা অসিমসু শিক্ষাগী মথৌদাং অমনি। অসিগুম্বা মরি অসি পুরকনবা লম্বিদা খুৎকী থবকনসু য়াম্না তেংবাংবা ওমই। হায়রিবা ময়াম অসি য়েংবগা লোয়ননা শিনফম অদুগী অথন্নবা শক্তি অমসুং মগুণ খরসু য়েংদবা য়াদে। ইহান হানবদা শিনফম হায়বদি পুশিনগদৌরিবা থবক অদুগী মশাদা শিক্ষাগী মচাক কয়া য়াম্না য়াওবগে হায়বা অদুসু য়েংবা তাই। তোঙান তোঙানবা বিষয় কয়ামুকপু চিংশিন্দুনা অঙাংশিংবু তম্বিবা মতমদা করিগুম্বা থবক অমা মতিক চাই-চাদে হায়বা অদু ইরাই লায়না হেক্তা খংবা ওমই। খুদমগী মশক ওইনা হায়রবদা লং নায়বগী থবক হায়বসি শিক্ষাগী মচাক য়াম্না চেনবা থবক অমনি। মসিনা মরম ওইদুনা অঙাংদা হৈ-শিংবা ওজা অমনা ভূগোল, ইতিহাস, মমালোন, অঙ্ক অমসুং অতোপ-অতোপ্পা বিষয় কয়া চিংশিন্দুনা তম্বিবা ওমই।

(৫) পোৎশক কয়ামুক্কা মবি লৈনহন্দুনা লাইরিক তম্বিবা হায়বা অসি বেসিক শিক্ষাগী থৱাইনি হায়না লৌবা য়াই। মসিদগী কান্নবসু য়াম্না ফংই। শম্না হায়রবদা জ্ঞান হায়বা অসিদি মপুম ওইবা পোৎশক অমনি, মচেৎ-মচেৎ থাইদোকলবদি অমাংবা কয়াসু থোরকই। ঐখোয়না লাইরিক তম্বিবদা খরা খুদোং চানবগীদমক্তা মসিনা ইতিহাসনি, ভূগোলনি, অঙ্কনি হায়দুনা থায়দোকখিবতনি। অসুম্না অপুনবা জ্ঞানগী শরুক অসিবু মচেৎ-মচেৎ থাইদোকতুনা

তম্বিবগী মহুত্তা করিগুম্বা শিক্ষাগী মচাক য়াম্না চেনবা পোৎশক অমনা মরম ওইদুনা হিরম খুদিংগী জ্ঞান লৈহনবা ঙমলবদি য়ামনা ফৈ। অসিগুম্বা মতম্বি অসিবু 'কোরিলেশন' হায়না খংনৈ। 'কোরিলেশন' থম্বা ঙম্নবা তোৎনবা হায়বা অসি বেসিক শিক্ষাগীদমক্তদি য়াম্না মমল য়াম্বা পোৎশক অমনি। অসিগুম্বা মরি লৈনহন্দুনা লাইরিক তম্বিবগী থবক অসিদা খুৎকী থবক্তনা মতিক চাদবা য়াই। মরম অদুনা সমাজগী মওং মতৌ অমস্যুং প্রকৃতিগী মওং মতৌ অনি অসিদগী মতেং লৌবদস্তু করি অমত্তা অকায়বা লৈতে। কনা কনাগুম্বা মীশিংনা বেসিক শিক্ষাবু ত্রিভুজ অমগা চাংদমনৈ। ত্রিভুজগী নাকল অহুমনা খুৎকী থবক, সমাজগী মওং মতৌ অমস্যুং প্রকৃতিগী ফিবম অসিনা ওইরিবনি।

কোরিলেশনগী নিয়ম মতুং ইন্না অঙাংশিংদা বিষয় পুম্নমক তম্বিবা হায়না অসি পংলাই লায়বা থবক্তি নত্তে। অদুবু থরাই য়াওবা, মচাক লৈবা অমস্যুং য়েংশিনবা তন্দবা ওজা অমদি থবক অসি ফনা শাংনা চংথবা ঙমই। কোরিলেশনগী মতুং ইন্না তম্বিবা ঙমদবা বিষয় খরা শোয়দনা যোরকপা য়াই। মতম অদুদদি অফবা স্কুল অমদা কোরিলেশন্দি তৌদনা তম্বিরিবা অহুগী মওংদা চৎথবা তারে। মতম অদুদস্তু মতিক চাবা ওজা অমা ওইরবদি তোঙান-তোঙানবা উপায় কয়ামুক শিজিন্নদুনা তম্বিরিবা বিষয় অমবু য়াম্না মুঙাইহনবা অমস্যুং অঙাংবু পামহনবা য়াই। মরি লৈননা তম্বিরিবনি হায়দুনা নিয়ম নাইদনা বিষয় পুম্নমক চিংশিন্দুনা শাম্নরবদি ছাত্রশিংগী মফমদা মুঙাইতবা অমা ওইনা থোকনি। নমদুনা মরি থম্বদি মরম

খুদিংমক্তা অকায়বা থোরকই। শম্ন' হায়রবদা মওং চাদবা অমসুং ফস্তুবা কোরিলেশন্দগী কোরিলেশন ইতৌ তৌদবনা হেন্না ফৈ।

(৬) বেসিক স্কুল অমা লৈবা তারবদি মরু ওইবা খুৎকী থবক অমা য়াওদবা য়াদে হায়বা অসি মী অয়াম্বগী মতনি। মত অসি অরানবসু নত্তে। অতুম ওইনমক খুৎকী থবক্তা পুক্নিং য়াম্না চংখিবদগী লাইরিক্কী শরুক্তা অরাংপা লাক্লবসু খরা অকায়বা লৈ। বেসিক শিক্ষা হায়বা অদুদি খুৎকী থবক তৌরগা লোয়রে, তম্বিবা য়াবা বিষয় খরা কোরিলেশন তৌদুনা তম্বিগনি অদুনা লাইরিক্কী দরকার লৈত্রে হায়না লৌবা য়াদে। লাইরিক্তুনা মরম ওইদুনা অঙাংশিংবু মরম খুদিংদা মতিক চাহনবা ঙমদে অদুনা মখুৎ-মশাগী থবক্তসু হৈশিংবা হায়বা অদু ওইহনসি হায়বনি। অহাংবা মতমদা লাইরিক পাবা অদুগা অহেনবা জ্ঞান তানশিন্নবগীদমকসু হোৎনবা হায়বা অসি বেসিক স্কুলদা তমলিবা ছাত্রশিংসু তৌদবা য়াদে। অদুনা বেসিক এডুকেশনগী মনুংদা লাইরিক চংনিঙাই লৈতে হায়না লৌবদি খরা হায়মনবা ওইনা থোকই। স্কুল অমা লৈবা তারবদি লাইব্রেরী অমা লৈবা ফৈ, অসিগুম্না বেসিক স্কুল অমগীসু লাইব্রেরী অমা হায়বা অসি অচৌবা দরকার অমনি।

(৭) মথক্তসু উৎখ্রে মদুদি স্কুল হায়বা অসি সমাজ অমসুং কৈরোই লৈকাইদগী তোঙান্না থাইদোক্লুনা লৈবা য়াদে। য়ারিবমখৈ স্কুলগা কৈরোই লৈকাইগা য়াম্না মরি লৈননা থবক তৌগদবনি। সমাজ অমসুং অকোয়বদা থোকলিবা থবক খুদিংগী ফল স্কুলদা ঙারিবনি অদুগা স্কুলগী মনুংদা তৌরিবা থবক খুদিংগী

ফলস্থ সমাজগী মফমদা তারিবনি। অসিগী মথক্তা স্কুল হায়বা অসি পিকতক তৌবা সমাজ অমনি হায়নস্থ লৌনরি। মরমদি সমাজ অমগী মনুংদা পাংথোকপা য়াবা থবক কয়ামুক স্কুল অমগী মনুংদস্থ চৎথবা য়াই। অদুনদি স্কুলবু সমাজদগী খাইদোক্তুনা থম্মা অসি য়াম্না লাল্লি। বেসিক স্কুল অমগী মনুংদদি লাইরিক তম্বিবগা লোয়ননা খুৎ-শাগী থবক অমদি তোঙান তোঙানবা পোৎশক কয়ামরুম পাংথোকলি, অদুনা সমাজগা মাগা য়াম্না নকনবা মরি লৈতবা য়াদে। নকনবা মরি অসি থমগে হায়রবদি অমনা অমগী থবক্তা য়াওবা তাই অদুগা য়ারিবমখৈ অমনা অমগী মতেং পাংবা তাই। স্কুলদা করিগুম্বা কুম্মৈ অমা তৌবা তারবদি কৈরোই লৈকাইগী মী কৌদুনা য়েংহনবা অমদি শরুক লৌহনবদা অফবা নত্তনা ফত্তবা করিস্থ ওইদে; অসিগুম্না স্কুলগী অঙাংশিংস্থ কৈরোই লৈকাইগী থবক অয়াম্বদা য়াওদুনা মতেং পিবা য়াই। মসিদগী মুংশিনবা অমস্থং অমত্তনি হায়বগী ৱাখল অসি থোরকই।

(৮) বেসিক শিক্ষা হায়বা অসি মহাত্মা গান্ধীনা স্বপনদগী খুঙ্গংগীদমক্তা হৌদোকখিবনি হায়বা ৱাখল অসি হৌজিক্কী মতমদা অরানবা অমনি হায়না লৌরে। হায়রিবা ৱাখল অসিদগী অকায়বা কয়ামুক থোরকই। খুঙ্গংদা লৈবা মীশিংনা খল্লি বেসিক শিক্ষা হায়বা অসিনা মরু ওইনা খুঙ্গংগীদমক ওইবা তারবদি সহরদা লৈবা অঙাংশিংগীদমক্তা অতোপ্পা শিক্ষা মওং অমা লৈবা তারে। সহরদা লৈরিবা শিক্ষাগী মওংনা অফবনি, খুঙ্গংদা লৈগদৌরিবা বেসিক এডুকেশন হায়বা অসিনা ফত্তবনি হায়না শনখিবস্থ য়াই। মরম

অসিদগী বেসিক স্কুল লিংবা তারবদি সহর অমস্তুং খুঙ্গং খাইদনা মফম খুদিংদা লিংগদবনি। বেসিক শিক্ষানা খুঙ্গংগীদমক্তা অমত্বা ওইরবদি সহরগীদমক্তসু অকবা ওইনি হায়বদা করিস্মু চিংননিঙাই লৈতে। ফিবম অমস্তুং মওং মতৌ খেন্নবা মতুং ইন্না তম্বিগদৌরিবা খুৎকী থবক্তা খরদং খেন্নহনবদি করিস্মু অকায়বা লৈতে।

**বেসিক শিক্ষাগী মরমদা শেংদোকপা দরকার ওইবা ৱাফম খরা— (১)** ইহান হানবমক্তদা বেসিক শিক্ষা হায়বা অসি য়াম্না লুবা অদুগা থবক ওইনা পুথোকপদসু অৱাবা শিক্ষাগী মওং অমনি। অদুগী মথক্তা বেসিক এডুকেশন হায়বা অসিগী অর্থ অসি খংবদা ৱাবা অমনি হায়নসু লৌনৈ। হৌজিক লৈরিবা প্রাইমারী এডুকেশনগী মওং অসিদা অকায়বা কয়ামুক লৈরে অদুগা মতমগা চুনদবা অমসু ওইরে হায়নসি মী খুদিংনা য়ানরবনি। মসিদগী লাইরিক তমলিবা অঙাংশিংনা থোয়দোকনা কান্নবা ফংদে অদুগা পুন্সিগসু মরি থোইনা লৈনদবগুম তৌই। অসিগুম্বা অরানবা ময়াম অসি চুগথোকনবগীদমক্তা বেসিক শিক্ষা হায়বা অমা থোরকলিবনি। মসিনা অঙাংশিংবু সুপনদগী ইবা-পাবা তম্বিবতা নত্তনা মীওইবগী পুন্সিগা মরি লৈনবা থবক কয়ামুক তম্বিবা পামই। অস্তুম হায়না প্রাইমারী এডুকেশনবু চাওথংহনসি অমস্তুং মীনা পান্নহনসি হায়না হোৎনরিবা বেসিক শিক্ষানি। মসিদা জ্ঞান তাদনিঙাই অমস্তুং চিংননিঙাই করিস্মু লৈতে। মতমগী মতুং ইন্না প্রাইমারী স্কুলশিং অসি বেসিক স্কুল ওন্থোকপকপা মতমদা বেসিক এডুকেশনগী চপ-চাবা মওং তত্তু মশানা চোংথোরক্কদবনি। অদুগা

বেসিক ওল্লে হায়দুনা মমিংদা হোংদোকপা অদুগা থবক্তি য়াওদবা ফিবমদা লৈরবদি থোয়দোকপা অহোংবা অমা উবা ফংলোই।

(২) অতোপ্পাময়াম্না লৌনরিবা অরানবা বাখল অমনা বেসিক স্কুলগী মন্নুংদা অঙাংবু থবক শুহল্লিবা অসিগী মরমদনি। ছাত্রশিংনা বেসিক স্কুলদা কুলীগী মতৌগুম্না থবক কন্না শুই অদুনা মখোয় অসি লাইরিক তম্বা নত্তে, থবক নোম্বা লাকপনি হায়নৈ। মসি অরানবা বাখল অমনি। অঙাংনা বেসিক স্কুলদা লাকপা অসি তশেং-নমক লাইরিক তম্বা লাকপনি, কুলী ওইবা লাকপা নত্তে। থবক তৌবা তারবসু চহি মতাংগা চানবা পাংথোকপদসু থোইনা লুদবা থবক ঙাক্তা তৌগদবনি। অদুগী মথক্তা অঙাংশিংনা খুৎকী থবক তৌদুনা করিগুম্বা খরা পুথোক্নবা হোৎনরিবা অসিবু মশাগী অমম্লুং স্কুলগী ওইনা কান্নজে। মসিনা মহৈ তম্বগী পনথুংফমনি হায়না করিগুম্বা মতমদা লৌবা য়াদে। করিগুম্বা খুৎকী থবক অমনা মরম ওইদুনা তোঙান তোঙানবা জ্ঞান কয়ামুক ফংনবা হোৎনৈ হায়রবদি বেসিক স্কুলগী অঙাংশিং অসি মীশিংগী মমিত্তা কুলী ওইবা শোয়দনা তোক্কনি। অসিগী মথক্তা অঙাংশিংনা স্কুলদা শুরিবা থবক অসিসু কারখানা অমম্লুং মীলদা নোম্বগুম্না শুবা নত্তে। কারখানা অমম্লুং মীলদা থবক শুরিবা কুলীশিংদি মেচিনগী মতৌগুম্না শুবনি অদুগা বেসিক স্কুলগী অঙাংদি করিগুম্বা মতমদা মেচিন ওইদে। মেচিন ওইরবদি মহৈ তম্বগী শরুক ইয়াও য়াওদবা তারে।

মশানা ইরায় লায়না পাংথোকপা য়াবা অদুগা মুঙাইবসু পোকপা মখলগী থবক ঙাক্তা বেসিক স্কুলগী অঙাংশিংনা তৌই। মরম অসিনা

নৌরিবা অঙাংদা কদৌঙৈদসু তরেং পায়তুনা লং নাইযু নত্রগা য়োংপাক অচৌবা পায়তুনা লৈবাক তৌ হায়গদবা লৈতে। নৌরিবা হায়বদি চহি মঙা-তরুক শুরক্লবা অঙাংসু তকলী পায়তুনা লং নাইবা খরা মখৈদি ঙমই অতুগা খরা অমুক চাওরক্লগা তরেংদা লং নাইবা তম্বিবদা করিসু কায়দে। মশানা ঙম্বা থবক তৌবদি অমাঙবা নত্তে, কান্নবগী মশক্তি, অৱাবা নত্তে, মুঙাইবগী মশক্তি। অসিগী মথক্তা বেসিক স্কুলদা লৈরিবা ওজাশিংনা থবক খুদিংমকপু অরাইবা অমসুং মুঙাইবা মওংদা ওন্থোক্লবা হায়তুনা কন্নসু হোংনরিবনি। অঙাংশিংবু বেসিক স্কুলগী মনুংদা খুংকী থবক পায়হল্লিনা অসিদি মনোবিজ্ঞানগী মিৎয়েংদা য়েংলুরবসু য়াম্না চুম্বা অমনি। মরমদি মহৌশানা অঙাং হায়বা অসিদি মখুৎ লেংবা পামই, চেন-চোংতুনা শান্নবা পামই, ফমতুনা তুমিন্না লৈথোকপা অসি মখোয়গী মশাদা ইহৈ হৈনদনা থোকই। অতুনা খুংকী থবক ময়াম পিশিন্দুনা অঙাংবু তৌহনবদা থোয়দোকপা অকায়বা লৈতে।

( ৩ ) অহুমশুবা অরানবা ৱাখল অমনা বেসিক শিক্ষা হায়বা অসিদি মশা মতোমতনা হিংজগদবনি, অতোপ্পা অমগী মতেং লৌবা য়াদে হায়বা অসিগী মতাংদনি। মশা মতোমতা হিংজবা হায়বগী অর্থদি পৈসা-মুংশাগী মরিদা অতোপ্পা অমদগী মতেং লৌরোই হায়বনি। অসিগুম্বা ৱাখল অসিদগী বেসিক স্কুলদা থবক তৌরিবা ওজাশিংগী পুকনিংদা য়াম্না চিংনবা অমদি মুংশা থিবা অমা কাওই। বেসিক স্কুল হায়বা অসিনা মতোমতা লেপচবা অমসুং হিংবা তারবদি ওজাশিংগী তলবসু স্কুলনা অতম পিবা তারে হায়বদি অঙাংশিংনা শাজরিবা পোৎ

চৈ ময়াম অদু কৈথেন্দা নত্ত্রগা কনাগুম্বা অমদা য়োম্থোক্লগা শিংলকপা পৈসা অদুনা তলব পিনগনি হায়বগী ফিবম তারে। হায়রিবা ঋাথল অসিদি য়াম্না অরানবা অমনি। ছাত্রশিংগী পোৎথোক্লা মরম ওইদুনা ওজাশিংগী তলব পিগদবনি হায়বা অসিদি তশেংনা ওইথোক্তবা অমনি। ওজাগী তলবতি সরকারনা নত্ত্রগা স্কুলগী মেনেজিং কমিটি নত্ত্রগা করিগুম্বা কাংবু অমনা শোয়দনা পিফম থোকই। করিগুম্বা বেসিক স্কুলগী ওজাগী তলব অসি অঙাংশিংনা শাজবা পোৎ অমসুং থাজবা মনা মশিংনচিংবা য়োল্লগা পিনবা তারবদি অকায়বা কয়ামুক লাকই। অসুম্না থবক চৎথবা তারবদি বেসিক স্কুলগী ছাত্রশিং অসি শোয়দনা কুলী ওইবা তারে। ওজাশিংসু মখোয়গী তলব শোয়বা য়াদবনিনা অঙাংশিংবু য়াম্না কন্না থবক নোম্ফনবা তাই। মখোয়না পোৎ চৈ শাবা তোল্লবা অদুগা মনা মশিংনচিংবা থাদ্রবদি ওজাসু তলব ফংদবদগী চরা হেনবা তারি। হায়রিবা ফিবম অসিগী মতুং ইন্না থবক চৎথবা তারবদি বেসিক শিক্ষাগী মগুণ করি অমতা লৈররোই। বেসিক স্কুল হায়বসি স্কুল ওইবা ভোক্তুনা কারখানা ওইবা তারে। তশেংনা বেসিক শিক্ষাগী মরমদা হায়রিবা ঋাফমদি অসিনি—স্কুল হায়বা অসি মহৌশানা পৈসা চাদিং ভৌবগী থবক্তা ওইনা ভৌই, পৈসা লাক্লবগী থবক্তি করি অমতা লৈতে। অদুনা খুৎকী থবক কয়ামরুম ভৌরগা মতেক থরদং পৈসা তাগ্গনবা হোৎনসি হায়বতনি। লাক্নদৌরিবা পৈসা অসিনা ওজাগী তলব পিবা ওক্কদবা করিগু লৈতে, অদুনা অঙাংশিংগী কান্নগদবা ওইবা থবক্তা হায়বদি চরা-ঋানবা অমসুং ফিরোন লৈবদা শিজিন্নথোকপা য়াই। বেসিক স্কুলগী চাদিংনা বেসিক নত্তবা স্কুলগী

চাদিংদগী য়াম্না হেল্লি, মরমদি বেসিক স্কুল অমা লিংবা তারবদি খুংসু খুংলাইনচিংবা কয়ামুক চংই, অসিদা নত্তনা পোৎ-চৈ কয়ামুক্কী দরকারসু লৈ। মরম অসিদগী চাগা খরা লৈহনবা কৈ হায়বগী ৱাফমতনি। অতুগা অঙাংশিংনা লাইরিক তম্না তম্না পৈসা খরদং থোকচবা ঙম্বা হায়বসিসু থোইনা ফত্তবা ৱাফম নত্তে।

শম্না হায়রবদা বেসিক এডুকেশন হায়বা অসি চহি ৫ দগী চহি ১৩ রোম শুবা অঙাংশিংগীদমক্তদি য়াম্না অফবা শিক্ষাগী মওং অমনি। ভারত সরকার অমসুং তোঙান তোঙানবা রাজ্য-সরকারনসু ৱাফম অসি মত খেন্নবা লৈতনা য়ানরিবনি। য়ানিংদবা কাংবু খরদি য়াওরম্বা য়াই অতুবু মখোয় অতুনা ঙসি ফাওবদা বেসিক এডুকেশনদগী হেন্না ফবা মতম অমসুং মফমগা চানবা শিক্ষাগী অনৌবা মওং অমতা পুথোকপা ঙমদ্রি। অনৌবা মওং অমা পুথোকপা ঙমদ্রিবা ফাওবদি ঐখোয়না মখোয়গী ৱা থোইনা তারুদবা য়াই।

**ওরিয়েণ্টেশন প্রোগ্রাম** ঃ—করি মরমদগী ওরিয়েণ্টেশন প্রোগ্রাম হায়বা অসি থোরক্লিবনো অতুগা মসিনা করিবু খংনবগে হায়বা অসিগী মরমদা অহানবদা খরদং নৈনবা দরকার ওই। মথক্তা উৎখ্রে মাতুদি মহাত্মা গান্ধীগী বেসিক শিক্ষা হায়বা অসি অঙাংশিংগীদমক্তদি য়াম্না অফবা অমনি, মরম অদুনা ভারতকী তোঙান তোঙানবা মফমদা বেসিক শিক্ষা অসি থবক ওইনা চংথবা উরি। হৌজিক মফম মফম থুদিংদা জুনিয়র অমসুং সেনিয়র বেসিক স্কুল কয়ামুক উবা ফংলে। অতুম্নদি ওইরগা প্রাইমারী স্কুলশিং অসিনা বেসিক ওইরকপগী থবক অসি খরা তপ্না থোক্লে। বেসিক স্কুল লিঙ্খংপা

নত্রগা চুম্নগী প্রাইমারী স্কুল অমবু বেসিক ওম্বোরকপা তারবদি মরু ওইনা পোৎশক অনি দরকার ওই—(ক) বেসিক শিক্ষাগী মরমদা ট্রেনিং ফংলবা ওজা অমসুং (খ) বেসিক স্কুল অমগী মনুংদা লৈফম থোকপা মপোং-মচৈ অমদি খুংসু-খুংলাই কয়া। হায়রিবা পোৎচং অনি অসি ফংবা তারবদি পৈসাগী মথৌ লাক্লে। অমরোমদা পৈসাদি মরাং কাইনা লৈতে।

অসিগী মথক্তা বেসিক ওনবা ঙমদতুনা বেসিক নত্তবা স্কুল মশিং হেন্না লৈরি, অতুনা প্রাইমারী এডুকেশনগী থাক অসিদা বেসিক স্কুল হায়বা অমা অমসুং বেসিক ওইদবা স্কুল হায়বা অমা স্কুল কাংলুপ অনি লৈরে। কাংলুপ অনি অসি অমগা অমগা থোইনা মুংশিনদবগুম তৌই; ঐখোয় অনি য়ারবদি হেন্জিন্নমুসি হায়বগী মওংসু মাল্লি। মসিদগী অকায়বা কয়ামরুম থোরক্লে। মমা মপা ওইরিবা কাংবুনা ঐগী ইচা অসিবু বেসিক স্কুলদা তম্মনসিরা নত্রগা বেসিক নত্তবা স্কুলদা তম-হনসিরা হায়বগী মরমদা রায় তাবা ঙমদ্রে। খরনা হায় বেসিক স্কুলনা ফৈ, বেসিক স্কুলদা তমহল্লু, খরনা অমুক হায় বেসিক স্কুলদা তমহল্লুসু অঙাং মাংজনি। অসিগুম্বা ময়ামগী রায় তাবা ঙমদবা ৱাখল উবদগীনে অতুগা মতিক চানা বেসিক শিক্ষাগী মরমদা ট্রেনিং ফংলবা ওজা ৱাংপানে অমসুং অকোনবদা পৈসাগী খুদোং চাদবা খরা লৈবনে—ময়াম অসিনা মরম ওইতুনা ওরিয়েন্টেশনগী থবক অসি পায়খৎলক্লিবনি।

ওরিয়েন্টেশন প্রোগ্রাম হায়বা অসি করিনো অমসুং কদায়বু, কৌবগে হায়বসি মী অয়াম্বনা—মরু ওইনা ওজাশিংনা খরা তোইনা হংই। প্রাইমারী স্কুল অমবু ওরিয়েন্টেশন তৌসি হায়বগী অর্থদি

ছান্নগী ফিবম অসি ফত্রে, খরা ফগৎহনসি হায়বতনি। ইশম শমনা, চাওখৎহনবা অমসুং ফগৎহনবগী থবক অদুবু ওরিয়েন্টেশন হায়না কৌই। প্রোগ্রাম অসিগী মতুং ইন্না থবক তৌবা তারবদি বেসিক স্কুল অমসুং বেসিক নত্তবা স্কুল অনি অসিগী মরক্তা লৈরিবা অচৌবা পল অদু লৈররোই। অদুগা, অমগা অমগা তিন্নবা য়াদবগী রাখল অদুসু শোয়দনা মাংখিগনি। মরমদি বেসিক শিক্ষাগী মরু মরু ওইবা থবক থৌরাং কয়া ওরিয়েন্টেশন তৌগদৌরিবা অচম্বা প্রাইমারী স্কুল অমগী মনুংদা পুশিল্লককদৌরিবনি। হায়রিবা বেসিক্কী থবক থৌরাং কয়া অসি লাকপা তারবদি তশেংনা বেসিক স্কুল অমা হায়বা অদুমক ওইবা ঙমদ্রবসু য়াম্না নরুবা অমা হায়বদুদি শোয়দনা ওইগনি। বেসিক শিক্ষাগা য়াম্না নক্নবা মওংবু তারবদি প্রাইমারী স্কুলশিং অসি খরদি চাওখৎপগী মওং ওইনা উরনি। অদুদগীদি মতম খরা তশেংনা বেসিক ওনবা ঙমদ্রবসু থোইনা চিংনিঙাই লৈত্রে।

ওরিয়েন্টেশন তৌগদৌরিবা প্রাইমারী স্কুল অমগী মনুংদা মরু ওইনা পুরক্কদৌরিবা থবক্কি মখাগী অসিনি:—

(ক) মী অমগী অমদি ময়ামগী ওইনা হকচাং ফগৎনবগা মরি লৈনবা থবক কয়ামুক।

(খ) মতিক চাবা নাগরিক অমা ওইবদা চংবা থবক কয়ামুক।

(গ) পৈসাসু থোইনা হেন্না চংদবা খুৎনা তৌবা য়াবা অচম্বা থবক কয়ামুক।

(ঘ) স্কুলগা য়ুম অমসুং কৈরোল-লৈকাইগা নক্নবা মরি থম্নবগীদমক সমাজগী সেবা ওইবা থবক কয়ামুক।

(ঙ) সংস্কৃতিগা মরি লৈনবা অমদি অহাংবা মতমদা পাংথোকপা য়াবা থবক কয়ামুক।

(চ) স্কুলদা তম্লিবা অঙাংশিংগী চরা য়ানবগী থবক কয়ামুক।

মথক্তা উংখ্রিবা থবকশিং অসিবু করিগুম্বা প্রাইমারী স্কুল হায়বদি এলঃ পীঃ স্কুল অমদা পুশিনবা ওন্নবদি ওরিয়েন্টেশন তৌবা হায়বনু হেক্তা ওইরে। মসিংনা ওরিয়েন্টেট স্কুল হায়না কৌরগনি। হায়রিবা থবক ময়াম অসি হৌজিক লৈরিবা প্রাইমারী স্কুল খুদিংমক্তা ইরায় লায়না হৌগৎপা য়াই। মসিগীদমক্তা অথন্নবা ট্রেনিং ফংলবা ওজাগীম্নু থোইদোক্না দরকার ওইদে অদুগা চঙ্গদৌরিবা পোৎচং খরা লৈবদসু পৈসা য়াম্না চঙ্গদবা লৈতে। চঙ্গদৌরিবা মরুওইবা পোৎচংদি য়েৎতুম, কাতি, লং, সাবুন, খুৎ-শা তৈথোক্নবা গমছা, ঈশিং খিন্নবা চফু অমসুং থক্নবা গ্লাস নত্রগা মগ, অশোক-অনা য়াওরকপদা শিজিন্ন-নবা হিদাক-লাংথক খরা, থাং, শমজেং, খুজিনথাং, য়োৎপাক মচা খরা, মেপ, জাতিগী ফিরাল অমা অসিনচিংবা অসিনি। হায়রিবা খরা অসিবু লৈরবদি প্রাইমারী স্কুল খুদিংমক্তা ওরিয়েন্টেশনগী থবক হৌবা য়ারে। লু হেনবগী থবক অমসুং স্কুলগী লমদা লৈ-সু-হৈ-লৈ অদুক থাজিনবিবা হায়বা অসিদি থোইনা পৈসা চংবা নত্তে; মী খুদিংনা ইরায় লায়না ঙম্বা ঙাক্তনি।

হৌজিক ওরিয়েন্টেশনগী থবক অসি য়াম্না থুনা পাইখৎপা দরকার ওইরবনি। ভারতকী মফম খুদিংদা থবক অসি পাইখৎপা য়ানবা হায়দুনা সেমিনারনচিংবা কয়াসু ফমখ্রে। মরম অদুনা বেসিক ওন্দ্রিবা প্রাইমারী স্কুল খুদিংমক খৃষ্টাব্দ ১৯৬২ কাওবগী মমুংদা

শোয়দনা ওরিয়েন্টেশন তৌবা তারবনি। থবক অসিনা হেক লোয়-শিল্লকপা মতমদা বেসিক শিক্ষাবু পামই-পামদে হায়বগী রাখল অসিসু থোইদোকপা লৈনররোই। পাম্লবসু পামদ্রবসু বেসিক হায়বসি ইরাই-বক্কীনি হায়জরগদবনি। বেসিক স্কুলদবু লৈবা তারবসু ওরিয়েন্টেশন তৌবা স্কুলদবু লৈবা তারবসু ওজাগী মথোদাংদি অচম্বা ওইরোইদোরি। ওজা খুদিংমক নোংমা কনবা, মচাক চেনবা অমসুং পুকচেল শেংবা ওইবা তাই মরমদি প্রোগ্রাম অসিবু মপুং ফাহনগে নত্রগা থাংউ-থক্কা মাংহনগে হায়বা অচুদি ওজাশিংগী মথক্তা লৈরবনি। অসিগী মথক্কা ওজাশিংনা নৌরিবা অওাংশিংবু লুনা তৌবিবা অমদি মুংশিবিবা হায়বা রাখল অসিমগা লৈবিরবদি অমুক হেন্না মঙ্গল ওইগনি। মনুংগী অর্থদি মথাগী শ্লোক অসিদা নিংথিনা য়াওরে।

ছাত্রদেবান্নমস্কৃত্য সর্বে স্যুর্গন্থ বাদিনঃ।

তেষু তুষ্টেষু তুষ্টং স্যাত্ রুষ্টং রুষ্টেষু বৈ বৃহন্॥

লাইগুম্বা ছাত্রবু খুরুম্লগা তম্বিবগী থবক পুম্বা হোৌগনি।

মখোয়না পেল্লগা লাইনা পেল্লি, শাওরগা লাইনা শাওই॥